৬ইবুংঙো কৃষ্ণ সিংহ !

ইয়াম্ববু য়ারৌগনু। তাইবং পুন্সি খরসিদা নুংশিরবা ইনাও নংগীদমক খল্লুবদা অৱা-নুংশি ঈপাল-লাংবা নত্তুনা উয়াম্বনা করিমতা পীবা ঙমখিদ্রে।

ঙসিদি, ইয়াম্বগী "ছৈরেং অনৌবা" কৌবা পীকথ্রবা ছৈরেং লাইরিক মচা অসিমতং ইনাওগী শরুক তম্লি, হরাও হরাওনা লায়রবা নয়াম্বগী নুংশি থুদোক্নি খন্দুনা লৌকো ইবুংঙো !

নয়াম্বা —

তাং ২০।১২।৫৪ ইং }

শ্রী রাম সিংহ।

# লমজীং ৱাখল।

ঙসি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা নিংথিরবা চীংলোন মাপন্না কোয়শিন্দুনা লৈরিবা, শুক্লবা অশংবা লৈকোলগী পান-দমগুম অইংবা শক্তম কয়ামুক্কী ঙক্লা লৈতেংলদুনা পৃক্লিং শুমহৎনবগী মশক ওইনা ঙাল্লিবা পোইরৈ ইমা লৈবাক মনিপুর কৌবা লম্মুংশি অসিগী মচাইকোন্দা মতমগী মতুং ইন্না পৃথিবী খোঙচৎ কায়দনা খৌবাল তহশিলগী লমদমদা থুংলরিবা ডিভেলোপমেণ্ট ব্লোক্কী ইং শোক ১৯৫৪গী ডিসেম্বর থাগী অরোইবা চয়োন্দা তৌখিবা মেলা অতুদা ব্লোক এরিয়াগী ওইনা পুথোকচগে হায়দুনা য়াম্না তহা তহানা খুয়োনখ্রবা মতম খরগী মম্মুংদা ইথৌদাং অমা ওইনা এগী "চৈরেং অনৌবা" কৌবা পীকখ্রবা অমস্নুং ইচম চম্না চৈরেং লাইরিক মচা অসি মতং ইতুনা পুথোকচখিবনি। মরুদি, তরাগী চৈ-শুনা লেংথোং ফায় হায়বগী ৱাখল লমজীংদুদা ইজখিবনি। নুংশিবিদুনা, মসি মরুপ মপাংশিংনা করিগুম্বা পাবিখিবা য়াও-রবদি ইজরুবগী থোইদোক্লা পৃক্লিংদা নুংঙাইবা ফংজগনি।

তাং ২০।৫।৫৭ ইং

শ্রীএল, রাম সিংহ
হেঃ পঃ
খৌবাল গার্ল স্কুল।

শ্রীলৈতাঙ্থেম রাম সিংহগী "চৈরেং অনৌবা" হায়বা লাইরিক অসি পারগা মনাও কৃষ্ণ সিংহনা মনুং মতম চাদনা মমখুৱা তুংদা মাগী পূক্নিংদা ফাওখিবা কাইন রাখলশিং অদু চৈরেংগী মওংদা ইরিব্র' থল্লি।

থোইদোকপা অমনা অচম্ব' রাহৈনা মহৌশাগী খুৎশেন উরগা ফাওরকপা পূক্নিংগী ইরাং, ঈহৌ অমসুং ঈশুনশিং অদু চৈরেংগী মওংদা কবিতা কয়' ইবা য়াই হায়বা নৌনা হৌরক্লিবা চৈরেংবশিংদা উৎলি অমসুং লমজিংলি।

তাং ১৫·৯·৫৭ ইং

শ্রীকোনসম গোলাপ সিংহ বি, এ, বি, টি
এসিস্টেণ্ট হেড মাষ্টর
চাওয়াইমা হায় স্কুল, থৌবাল।

# ৱা অনিদং

শ্রীলৈতাঙ্খেম রামসিংগী কলম্
চেঙবক্লি মথং মথং তুংইন্না মতম্ -
“রাখলগী লৈলোল” অমসুং “জাৎ গুনব।”
উক্ত লেখক্কী কলম্মনি পানথবা

শৈবেং কুম্নিপান্না যাচনবা
বস-গুণ কয়ানা য়াওন্‌বা ;
ভাবগা মনিপুর তাক্লি'বা
মগুণনি, লেংলিব। “চৈরেং অনোব।” ।

পাবয়ু, খনবিয়ু লেখক্কী পুক্লিং
অঙান্‌বা মঙান্দা মমিসু ভাবনি.
মন্নবা মমিদা মঙানসু উবনি
পাঠরা খনবিয়ু লেখক্কী পুক্লিং !

শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহ
কৈশাম,
ইডিটর “ওসি” দৈনিক

ইম্ফাল।
তাং ১ অক্টোবর ১৯৫৭ ইং

# পেঙ্গবা।

পূকচেল চাওরবা শ্রীনিংথৌজম নবচন্দ্র সিংহ, হেড মাষ্টব পোপুলার এম, ই, স্কুল থৌবালনা ঐগী "হৈরেং অনৌব।" কৌবা হৈরেং লাইরিক মচা অসিগী ছাপ। তৌবদা চঙবা পেশা মথৈ' পুথোকপীদুনা ফোঙদোকপীবা অসিদা ঐগী মুংঙাই-জবা ফোংদোকচরি অমসুং তৌবিমল খওবা উচ্চবি।

তাং ১।১০।৫৭ ইং }

শ্রীএল, বাম সিংহ
হেঃ পঃ
থৌবাল গার্ল স্কুল।

# হীরম লামায়।

| হীরম | লামায় |
|---|---|
| ১। ইনবিয়ু খোয়াং | ১ |
| ২। তাহৌরে চেল্লা নাইতোম | ২ |
| ৩। উৎলো মথৌনা | ৩ |
| ৪। য়াখলদগী লম্মাংনবা | ৪ |
| ৫। পাঙথোক্লমউ নথৌ | ৫ |
| ৬। ফংগনি নহাক্লা | ৬ |
| ৭। নক্লা তামথ্রে | ৭ |
| ৮। যৌবনগী অয়ুক্তা | ৮ |
| ৯। মরৈবাক্কীদমক বোন্দি | ৯ |
| ১০। অয়োইবা অহিং | ১০-১১ |
| ১১। পুন্সি খোঙচৎ | ১২-১৩ |
| ১২। মৈচাক | ১৪ |
| ১৩। মনিপুর লৈবাক | ১৫ |
| ১৪। য়ারোই কনানা মুল্লুবা | ১৬ |
| ১৫। লোইবী চীংয়া চন্দ্রখোং | ১৭ |
| ১৬। কলহৌসি ইমা লৈবাক | ১৮ |
| ১৭। পুন্সি য়াচংলকপদা | ১৯-২০ |

| ছীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ১৮ | শক্লাস মুংঙাইবা খোল্লাউ | ২১ |
| ১৯। | বিদায় | ২২ |
| ২০। | লুরবনি চেকশিল্লু | ২৩ |
| ২১। | নীংবা কাযরবী কনাগুম্বীমা | ২৪ |
| ২২। | মৈতৈ চন্নু | ২৫ |
| ২৩। | হিংলি আশাগী মরুমদা | ২৬ |
| ২৪। | ফংদ্রে নীংতম্বা | ২৭ |
| ২৫। | ঙারিয়ান চীঙোল | ২৮ |
| ২৬। | ওঃ মুজা নংবু | ২৯ |
| ২৭। | কনাম্থ লৈহৌরোই | ৩০ |
| ২৮। | ম্বারবা হীরোই | ৩১ |

# "ইনবিয়ু খোম্লাং"

কায়না মৈশা লাংলবী ইমা !
ইনবিয়ু খোম্লাং মবুক থম্মা ।
কন্নিগী রারুরি পলেম শকপী !
য়োকউ চাউনবা নপারি পীশক ।

রারুন্নু ইমা মৈতৈ চন্নু !
পম্মি নতম্বাক্তা মুংশি খুদোল,
ওইয়ু মতুনা নিংশিং শক্তম,
লাংলোই অরা-মৈশা করিমতা ।

কোকনি য়েংলগা নপারী চেংলৌ
মৈচাক অদু ইমা নহাক্কী
চাক্লিবা নপুরোইবা মশুংলাং
চংথ্রবা থাদোক্লুনা তাইবং মীরম্লেন ।

কনানা নোক্লি কনানা কপ্লি
ওইখরে হৌনশা মীওইবা সংসার !
নত্তেনে ইমা, নহাক্তগী শরুক
থৌজাম্মিনে পুন্নমক মপু মহাক্কী ।

# "তাহৌরে চেক্লা নাইতোম"

পাইখরে চেক্লা শঙ্গু
চাক্তারম্বা লোইবী নাপোমদা
কোরৌ চুপ্পা নুংঙাইনা
থিত্নুনা অতাওবা উহৈ-রাহৈ।

তাহৌরে চেক্লামা নাইতোম
নিংবা কায়না চীংনুং-মান্নুংদা
ককঙাওনত্নুনা অরা পুন্সিদা
মরাইবক থীরবা চেক্লাসে।

নরাইবক থীরবা হা চেক্লা!
রারনি থাদোক্লো অরা-রাখল
তম্লো ল্লেনবা নুঙাইনা পুন্সি
য়াম্নবা মপোক মহৈ নহাক্কী।

# "উৎলো নথৌনা"

হোৎনরো নরৈবাক কম্নবা থৌরাং
নক্লে হৌজিক তুম্বগী মতম
হৌগৎলো অথৌবশা নথৌনা উৎলো।

কপ্লি ইমানা মথরাই শোক্না
কৌরদুনা অকন অথৌ মচাশিং
চনথিদোরে হায়না লাকচ-খুদুম।

য়েংউ ফিরানসে মচু অহুমগী
পাইরিবা রাংনা ভারত শিন্দুংনা
পোন্দ্রবনি হায়না কনাগী মথা।

থোক্তুরে য়াফম মতম অসিদা
হোইদুনা পুবা কনানা 'খোইবু
মীনাইগী মতৌগুম য়াম্না তোম্না।

# "ৱাখন্দগী লম্মাংনবা"

কবিনে। ঐবু মঙলাল্লা
ঙসিগী মতৌ অসিবু
চৌক্লবা লমহাং অসিদ !

কবম তৌনা লাক্লম্মাবা
মফম অসিদদি এদি
থেঙলবা অহিং অসিদা।

মাযকৈ খঙদ্রেনা ঐহাক্তি
কবি লমদম কৌবগে
চৌক্রবা লমহাং অসিবু ?

মাচিক মীবাওখোল তাখিদ্রে
কনা উখিদ্রে লমদমসে
কদোমদা চংকনি ঐদি ?

ইস, তাম্নেদা লমদমসে
অহিং অসিদা ইতোমতা
চংলিদ্রা মাম্নু অম্নুম্না !

# "পাঙথোক্লমউ নথৌ"

হনখি'ন ই:তোম ঈতোমতা
লাকপগুম কনা যাওদনা
নোংমদি ঐখোই পুম্নমক
লোইবগা তাইবং চৌগ্গাক।

নোমথৌবা নথৌ কন্না
ডুইবিডৈ পুন্সিনা অযুক
ডাইবিদে মতম্না কনাবু
শঙ্'জল্লু মতমগী মমল

পান্দন্নি তুবেল লৈনাইগী
পুন্সিস্তু তাইবং মাগী
লুপখিনি মতমগী ঈচেলদা
খিবিকস্থু অরা শুংঙাই
কিস্থখিত্তনা তুবেল লৈবাইগুম
লাকপদা ঈথক ঈপোম।

# "ফংগনি নহাক্না"

ঙমই হায়বগী মতাগুম
ওৎ-নৈবা মরম চাদনা
মুংশি চৈতেদা ওহোক্না
করম্বা পৃকচেন্নো মসিবু ?
ফংলোইকো মুংঙাইবা শরুক
তাকপীগে খঙজো অপঙবা
কম্লিগী অচুক অন্না পীরি
তোল্লবা অমগী মফমদা
উদ্রা ভারিবা মপিসে
তোল্লবী মহাক্কী মিৎসিদা
ফংগনি মসিমক নহাক্না
মতম অমদা শোয়দনা।
চল্লোই থৌনাফবা শীংদা
তান্দুনা য়ৈবা অচেন্নববু
খুদম্নি পাঙদবা কন্নাগী
লীচৎনি ফত্তবা মখোইগী।

# "নক্লা তামখ্রে"

লাপখরে উনা উনা
মাগী মুংঙাইবগী পুন্সি।
আঃ তাউখরে পৃম্নমক
মতমগী ঈচেলদা 'মুম।
ইস্ খঙহৌদে শানখিবা
খোঙচৎ অসে মতমগী।
ওঃ লুপখরে হৌজিক্তি
মাগী মুংঙাইবা 'পুম্বা।
কদাই ফংদরে লাম্বা
উরিসে মাংদা শংশঙ।
নক্লা তামখ্র' ঈচেম্নি
তাম্ন নকখ্র' ঈপোম্নি।
লেল্লি তোংত্রনা রানা
অরোই' পুন্সি ফৈরাদা।
শিম্তরি 'তমসিদা পি
তত্তনা মিৎলুদগী 'মুম।
উরি মুংশিনা আদা
তৌথিবা পুন্সি রাখল।

শান্নবি নিংবা কায়না
নিংশিং ঈপাক্তা মাদি।
লানখ্রে রাংমদা ঙাস
খুাকংগী 'থোইবা ঙমখৈ।
চংনিংদ্রে অমুক কদাইদা
খাদোক্তুনা মাদি সংসাব।

---

## "যৌবনগী অয়ুক্তা"

কদাইদা চংখ্রে খ্বাংজেংবা
ঙংলমগা লৈবাং নাঙো।
চুপ্পীবথো লৈবাং লৈহি
শাচ্চরিনে লৈকা ফম্না।
'তাদ্রগা খোইমুনা ঙংবা
শাংনিংদে লৈবাং ফগাযনা
খল্লি লৈমন চনখিদোবোই
লৈবাংগী পুন্সিসে ঙন্বা।
পাইবক্লো মুংশি খ্বাংজেংবা
ঙংলরোনে লৈরাং কাদা।

লৈরাংনা লৈমন চন্দ্রিগৈ
চুপ্লরো লৈহি নীংথুংনা।
লোইখি য়াইকো নিংঙমদনা
খোইমুগী পুন্সিস্থ লমখাঙদা।
তেল্লবা নিনিগী পুন্সিনি
খঙহৌরোই হৌখিবা মতম।

---

## "মরৈবাক্কীদমক বোন্দি"

লৈরমদ্রবদি ঙসি নিপাসি বোন্দি ওইনা
খঙলমগদবনি গুণ অতু ক্ষেত্রি মচাগী
তোখ্রেদা মতমসে মছামক বোন্দি ওইখিবা।

ঙম্লবদি করিগুম্বা নাম্থোকপা বোন্দিসিদগী
পেল্লমগদবনি মতম অসিদা মথল্লাইসে
করম্বা য়েংসিগে মাগী অল্লা-মৈচাকসে।

ওইখ্রে মসি পুম্নমক কাম্নদবা রাখল
পুনখিবনা মখুৎ অসি য়োৎহিংনা চেৎনা

নম্রবদি উৎলমগদবনি লৈজবা মাগী থৌনা।

ওঃ লাল্লে খল্লুরিবা রাথলসি মাগীদমক
তাজখিনি য়োংহিংদি মতোমতা নোংমা
থুংগনি মতমচুদা মরৈবাক্কীদমক নিংবা।

---

## "অরোইবা অহিং"

ফম্লম্মী কনাগুম্বী নুজ্জামা
মখোঙদা লৈপাল অমগী
খল্লচুনা নুংশি রাথল,
অথেংবদা চীক্লবা অহিংগী
মতোমতা কনা য়াওদনা
থোরক্লুনা ইমুংদগী মপাল।

কুপখ্রে শরৎকী থাজস্থ
খঙহৌদনা মতম অতুদা
লাক্কুনা! লৈচিন নোংফাই
ঙাল্লম্বা মালেম শিল্থুংনা

ওইদুনা অহিংগী লৈতেং
মঙাম্না মহাক্কী মেঙলবা।

হৌথিবম্মী মুঙ্গাগী রাবস্থ
লোৎথিবগা থাজগী মঙাল,
চেনখ্রে অঙাওবীগা মতৌগুম
হৌগত্তুনা অমম্বদা অতুম
ইকা-ফাবত্তুনা মশম-মনা
লাংশিল্লগা খাঙচেৎ মচি।

ঈরাক্করি কনাগুম্বা নিপাগস্থ
কল্লবা ঈথিল ঈবৈমদা
য়েৎশিন্দুনা ফিনা মছাপূম্বা
ঈহৌরকপা তুবেলমগী খোংনুংদা
হুল্লকপদা মুংশিগী খোংদোই
থেঙখ্রবা অহিং তাংলৌদুদা।

চেল্লকই মুপীমা অথাপ্পদগী
অকিবা লৈতনা অমম্বদুদা
খল্লদুনা মথরাই কনবিরুগে
তাবদা লাওরকপা খোঞ্জেলদু

পুংজাদা অরোইবা অৱাবগী
নিপাড়ুগী তুরেন্দা ঈৱাক্লরিবা।

অৱাবনি খল্লুবদা থোদোক্তু
চাক্লবা অহিংগী মতমতুদা
হোৎনরুবদা মশাবা কল্লমগে
মাঙমিন্নখি য়াইবী পুল্লপা
চোংথত্নুা লাইজ ঈরোম্মুংদা
মশুং-লাংগীদমক মুংশিনবা।

---

## "পুন্সি খোঙচৎ"

ইনক নক্লা লাপ্পা পুথোকখি
হয়েংনা 'থোইবু ঙসিদগী 'সুম
চৎখরি পুন্সি নক্লা লাপ্পা
তান-ফংদনা হয়েংদো নক্লা।

লোইখরি ঙরাংতুসু ঙরাংদা
লাম-ফংদনা নক্লা ঙরাংদো

হৌখ্রি পুন্সি নোংমা-নোংমগী
খঙহৌদনা থংন-থংন 'সুম।

খঙকপনি মতমগী ঈচেল,
করিবু তৌনি হৌজিক'সিদা
মতম লৈত্রে ঙসিদগী হেন্না
লাক্লবোই ঙবাংসু ঙসিগুম।

য়াদ্রে লৈথোকপা নিঙাইদনা
লেপ্লবা ঙসি হয়েং 'সিদা
লৌখ্রনি ঙসিসু ঙরাংগুম
অবাবনি পুন্সিগী খোঙচৎ।

ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং
লোইখ্রনি ঙসি লাক্লরোই ঙরাং
লাপখ্রনি হয়েংসু হয়েং
অসিনি পুন্সিগী তোর্ব্বান।

পাম্মুরবা মতম্নি "ঙসি"
তান-ফংদ্রবা ঈচেম্নি "হয়েং"

নীং তম্বগী পুংজানি "তৌ:জিক"
হৌখিবা "ওবাং" 'নাক্তা উবি। .

ইং শোক ১৯৫২ দা থৌবাল চাওয়াইমা হায় স্কুল
মেগাজিন্দা ফোংখ্রবা।

# "মৈচাক"

চংখ্রেদো মিংয়েংগী ওমথৈ রাংমদা
সুংশিববা মরুপ মপাং পূন্নমক
থনমত্নুনা লমদম তাম্না ঐহাকপু।

চাক্তামিন্নরম্মীকো পোম্বী চেক্লাগুম
সুংঙাইববা সুমিৎ অমগুম ওসিদি
চীক্লবা লোইবী চীংয়া লমদমসিদা।

লৈহৌরে অরা-মৈশা লাংত্নুনা
মরুপ কায়নবগী ঐদি রানা
করম খাঙগনি মতম অসিদা।

তমখ্রবোই নোংদম্বা বিধি মহাক্না
অরা-খোঙজৌ ওইয়্ পুন্সিগী
নাইতোম পাইবা চেক্লাগুম তোম্না।

---

## "মনিপুর লৈবাক"

পীক্লা মঙাল ফবী ইমা লৈবাক্কি
পোকখি অকন অথৌ কয়া কয়া
লৈরি ঙসি ফাওবা মখোইদুগী মিংচৎ।

পোক্কি হৌজিকস্থ অরাৎপা ইলৈ লৈতনা
পোক্ককখিনি তুংদস্থ রাৎতনা অস্থম অস্থম
লৈহৌনি চারোন-শুরোল মথঙ মথঙ।

শোম্নরি ঙসি মনিপুর মীরৈবাক্না রাংনা
ওইরি ফজবা লৈবাকমা থোইদোক্না মীহৌনফম
তাবদা মিংচৎ, উবদা ফজবা মনিপুর।

হোৎনরি কম্না খোঙদাবক্কে মীরৈবাক মচাশিং
হৌনে ঙম্না পামজবা অসিগুম্বা লৈবাকপু
মাঙগনি কুইবোই অরেম্বদা মখোইগা থৌরাং।

---

## "য়ারোই কনানা মুল্লুবা"

ঙাথৌ মীনা অঙাঙবানি হায়না
লমা চৎলিবা নুপাশে আদা
অঙাং পীশক অমগা লোয়ননা
মফা মরোলগী রাখল লৈতন।।

নচানি পুবিবা অঙাং অসে
থাং শম্নাত্রন যাম্না ইবেম্না
কাউদে মানা মচাবু নুংশিবা
ঙাওরে হায়নববা অসি ফাওবা।

য়ারোই কনানা মুল্লুবা অঙাংসে
ঙাওরবী নুপীসিগী খুত্তগী
উৎলি নুংশিবগী থাক মচাবু
তাক্লি মমা খুদিংমক অসিনি।

চৎলি অসুম্না সুমিৎ খুদিংগী
লৈতে মচারু থাদোক্পা কৌবা
অঙকপনি মমা ওইবাগী গুণ
লান্দে, হায়বদা অথোইবা খুদম্নি।

---

## "লোইবা চাংয়া চন্দ্রখোং"

মাঙখ্রে ফজবা দৃশ্য পোইরৈসিগী
উখিবদো মতম অমদা ইমিৎসিনা।
লৈরম্লে ঙসিদি ইকোক কোক্লা
লমদম অমগুম অমুক্তা উখিদ্রিবা।

তাউরি নিংশিং ঈপাক্তদি কায়দনা
নুংশিবা দৃশ্য পূম্নমক মহৌশাগী।
ওইখিবদো পূক্নিং শুম্নাৎনবগী মশক
য়েংবদা নিংথিবা দৃশ্য লমদমসিগী।

থুম্লক্লে থম্মোই চাংজো ঈপাক
খঙহৌদনা মিৎলুগী লাইজনা মতমসিদা।

অঙকপনি মতমগী খোঙচৎ নহাকসি
অৱাবনি খল্লুবদা পূক্লিং অসি।

লৈতে অমুক হোংলোই হায়নিংঙাই
অম্মানি পূক্লিং অসিবু মীওইবগী।
খেন্নৈ ৱাখল পূকচেল পূম্নমক
হৌখিবা যৌবণ পুন্সিদা খোকখিবগা।

---

## "কলহৌসি ইমা লৈবাক"

লাংলক্লে মাইথোংদা অৱাবা মমি
কারক্লে মায়হিং ইমা লৈবাকসে।
কাম্নদ্রে লৈবগী মচা ঐখোই
উক্তবদা ইথৌনা ইমা কন্নবা।

ওইসি অমত্তা চীং-তম পূম্নমক
তিন্নসি মুংশিনা পূকচেল খোইজেল;
কলহৌসি ইমা লৈবাক য়াইফবী
থাংদ্রিবৈ অৱা-য়োৎহিং ইমানা।

ফংলকনি শোয়দনা অরা-মৈশা
চূরকনি থম্মোইসে নিংঙমদবা মৈরিনা।
কিম্নুসি মতমসিদা থরাই থাবা
শেম্বদা ইমা লৈবাক য়াইফনবা।

ঙাল্লিবনি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
চীক্লা শজিকুম ইমা লৈবাকসে।
মাঙহনগুমসি অইংবা ইমাগী গুণ
লৈহনসি ইমা লৈবাক নীং-তম্না।

---

## "পুন্সি য়াচংলকপদা"

পাইখ্রেদো থম্মোইগী মুংশিবা চেক্লা
চীংলোল মাপলবু লাম্না মীরৈবাক্তা
করম্না লৈহৌনি পোম্বী তুশোল্লবা!

উরোইদোরেদো পোম্বী ইমিৎ অসিনা
মুংশিজরবা চেক্লা মাগী শকফমদো
করম্না লেলহৌনি পোম্বী তুশোল্লবা!

ফংলিরোইদ্রা চেক্লা মহাক্তি মৈচাকসে
লমদম অত্নুদা থাপ্লবা মীরবাকী
রাজর্ষিবা পোম্বীনা চেক্লা মতুংলাং'।

পীরম্লবম্রু ফগনি চেক্লা মপাউ
কাউখ্রবরা পোম্বীমা লৈহৌরি হায়বা
ৱাখ্রেদকো পোম্বী ঐহাক্কী পুক্সিসে।

লৈখিদৌরিবনো মতম কয়া কুইনা
ফংদনা চেক্লা মহাক্কী মপাউত্নবু
লৈতুম থাদবগুম লাইজ ঈরোম্নুংদা।

তোংহোঁ' তারেকো পোম্বী নংবু!
রারবা নিংশিং ফৈরা থক্তা
ইথৌ লাংনা পাইখ্র' চেক্লাগী।



# "শক্লসি নুংঙাইবা খোল্লাউ"

থুংলরে ডিভেলোপমেণ্ট ব্লোক
কায়দনা পৃথিবী খোঙচৎ
মন্নুংদা থৌবাল তহশিল
লমদমদা থৌবাল অথোকপম
কুমজাদা ১৯৫২ ইং হৌরকপা।

চাওখৎলে অঙকপা ফংনা
লৈত্রে অরাৎপা করিমতা
নুংঙাইরে মীপুম খুদিংমক
য়াইফরে ইমা লৈবাকসে
শক্লসি নুংঙাইবা খোল্লাউ।

ভারতকী নোংপোক চীংথৈদা
ঈংনা শক্তিকুম ঙাল্লিবী
ইমা লৈবাক মনিপুরসে
অশংবা লৈকোল পান্দম্মি
পূক্লিং শুম্বাৎনবগী মশক্লি।

# "বিদায়"

লৈতৌদোরে মরুপ নংদি নতোমতা
অথাপ্পা লোইবী চীংয়াদা কপ্পুনা,
অচীকপা চীংগোলগী লৈতেং ওইদুনা
অকিবগী শক্তম শা-ঙাগী মরক্তা।

ঙমদ্রেনে খোঙশানবা নুংশিবা মরুপশু!
থনমদুনা নহাকপু চীল্লবা মফমসিদা,
ঈহৌরক্লেনে মিৎলু লাইজ খঙহৌদনা
খল্লুবদা মরুপকী রাখল মতমসিদা।

চৎলগেকো মরুপ! রারৌন্নুকো নুংশিবা
বিদায়! পূকচেল চাওরবা মরুপ!
লৈহৌরোকো, অরা-মৈশা লাংলন্নুকো!
নিংশিং-ঈপাক্তা শুংশি-নুংওন্নসিকো!

# "লুরবনি চেকশিল্লু"

পাইরকপগুম খোইমু শয়োম শয়োম
ফৃগায়না শাংলিঙে লৈরাং খম্বাল্লা,
থল্লরে মতমসে মীরৈবাক মচানা
করম্না হিংনি ঐখোইগী ইরৈবাক '

লৈখ্রবদি অরায়বা সাসন মথাদা
খাঙগনি রানা ইরৈবাক মচাদি,
চেকশিল্লু লুরবা মতম্দি হৌজিক
শেম্লি লম্বী হোইত্রুনা পুনবা।

য়াখ্রবদি হোইত্রুনা পুবা মখোইনা
মাঙখ্রনি মিংচৎ ইমা লৈবাকী,
ঙাওনখ্রনি থীনা ভারত শিম্মুংনা
খল্লকনি শিখিবনা ফরে মতমত্রুদা।

খাদোকসি রাখলসি মীতৌ তম্বগী
হোৎনসি কঞ্চনবা ইরৈবাক ইচ্ছানা,
রাংনি মিংচৎকী থাক্কু নিংথিনা
ঙালগনি ইরৈবাক মালেম থুংনা।

# "নিংবা কায়রবী কনাগুম্বীমা"

ঙমজদে ইনিং-ইখা তম্বা
তোনখ্রেদা মপোকসে ঐহাক্তী।
পান্দম্নিকো পোনগী চেক্লাগা
লৈতে খেম্নবা করিমতা।

ঙমজৈদো মনিং-মখা তৌবা
য়াইফৈদা মপোকসে মখোইগী।
মান্নে পাইরিবা চেক্লাগা
লৈতে খেম্নবা করিমতা।

ঙম্লরোইদ্রা ইনিং-তম্বা ঐবু
শরুক খরদস্থু মখোইগুম।
মতম অমদা করিগুম্বা
নাম্থোক্লকপা পোনগী চেক্লাগুম।

খঙহৌদে ইপি তাখিবা
খল্লুবদা পুক্লিংসি অসুম।
পোক্লম্বনা তোল্লবী মপোকমদা
চখোকখরে আশাগী উরুম।

# "মৈতৈ চন্"

শোম্নরি জগৎ পুম্বনা ওসি
মৈতৈ চনুনি মথৌনা লৈবী
লৈতে পাম্মুরুবা মথরাই মণ্ড।।

ওম্মী কন্নুবা মপারী মমোম
চেনশিন্দুনা খাম্বী মৈরক খায়না
মনুংদা অচৌবা মৈহৌ লাংপোক।

থোইদোকপা গুন্নি মৈতৈ চনুগী
মশক অমনি তাঙলবা খুদমগী
তমজনিংঙাইনি ওসি জগৎ পুম্বনা।

শেংই ইমা মৈতৈ চনুদি 'থোইগী
হুম্বরোই থৌনা মচাদি মৈতৈ চনুগী
থেৎকনি কাউনু লালঙম ফিরাল পুন্সিদা।

# "হিংলি আশাগী মরুমদা"

লৈরকপানি মাদি মাগী আশাদা
হৌখ্রব মতম কয়াগী মাংদগী ।
চৎখ্রে অদুবু মাদি শগাহৌদনা
তুন্দোরুনদুনা মাবু লমদম ভাম্না
করম্না লেনগনি মাদি মতমসিদা
চাক্লোইদ্রা খল্লুবদা মাগী থাম্মোইদু
চৎখ্রবদা মানা রাখল ভৌদনা
কাউথোক্তুনা মাবু লৈহৌরি ভায়ব ।
অরেম্বা রাখল্লা খঞ্জরিবা সিবু
মাগীদমক মানা অসুক রাবথৈ ।
ওইরোইনা অরেম্বা রাখল মগাক্কী
অচুম্বনি মাগী আশা অচুম্বনি ।
হিংনরি আশাগী মরুমদা থুপ্তুনা
সংসারগী ভাইবং জীব পুম্নমক্কা
ওন্নোইনে হিংবা করম্বা জীবনা
কংখ্রবদা ময়োল অদু আশাগী ।
লোইখিনি অদুম পুক্নিদুম্ মাগী
লমফাংলবা মায়াগী সংসারসিদা ।

চোংদ্রবদা অনৌবা রাখল ময়োল
অমুক লাকখিনি হায়বা মানু।

---

## "ফংদ্রে নীংতম্বা"

য়োরে হৃসি চাওখংপগী থাক্তি
কায়রে নীংবা নীংতম্বগী খোঁডচন্তি
তানখ্রে মপোকসে হৃলা এখোইগী
পোলগী চেক্লাগুম নাঙ্গোকপা ঙমদবা।

নুংঙাইহৈরিনি চেক্লা শঙ্গুসে আদই
কোইপাই পাইরিবা মনিং-তম্বা
হাংলবা মালং অন্সদা অতিয়াগী
অখিংবা লৈতনা মতম চুপ্পদা।

লৈতে পোথাফম থল্লুরগা সুম
অরাবনি থোইদোক্লা পুক্লিংসে ইতা!
লোইনিংই ঙস্তা পুন্সিসে লমখাঙদা
থমখিহুনা তাইবং চিঙ্গাক থুনা।

---

## "ঙারিয়ান চৌঙ্গোল"

লাক্লম্মী নোংমদি লমদম অসিদা
শরৎ পূর্ণিমাগী অহিং অমদা
হৌখিবা যৌবনগা পুন্সি খোঙচঙা

থোরক্লম্মী পেঙলবা অহিংগী মতমচুদা।
মপূং ফারবা থাজনা য়াম্না চাক্লা
মপান নাইত্রবা অতিয়াগী মালংদ।

উবদা থাজগী মেঙলবা মঙাল
হৌখি ঈপোম পুক্লিংসি নুংঙাইবগী
ওইখি মওংমা পুক্লিংসি নুংওম্নবগী

ওইরম্মী চৌঙ্গোলসে ফজবা দৃশ্য
য়ৈরকপদা থাবলগী নিংথিবা ঈপোম
লৈরমদে পেনবা কৌবা য়েংবগী।

কদাইদা চৎখ্রে সুংশিবা দৃশ্য!
ফংখিদ্রে অমুক উবা ঙসিদি,
লুপখ্রবরা মতমগী ঈপাক্তা লোইনা।

---

# "ওঃ নুজা নংবু"

নিংবা কায়রবগী ঈপোম্না,
থম্মোই চাংজো থুয়ক্লে,
নুজা করম খাঙগনি।
কল্লবা ইথিল ঈরৈসিদা,
ওইখিবা তারেনা কাওশীং,
লাইবক-চাওবী নংদি!
তম্লক্লেরো নিঙোল ওইবী!
অরাবা শরুক্কা নখোইগীনি,
নোংদম্বা বিধি মহাক্কা।
তাউরম্মী হৌখিবা পুন্সি,
অচীকপা ঈপাক অমদা,
অন্না-মমি লাংদনা।
হন্নাওরম্মী নিঙোল পুক্নিং,
হৌরম্মী শুংশি ঈপোম,
খঙলমদে নুজাগী 'রাবা।

# "কনাস্থ লৈহৌরোই"

রাগন্থ ইমাগী ইবুংঙো মুংশাব
লাকনি মপুগী থৌজাল শোয়দনা
তেল্লবা তাইবং পুন্সি লমদাংসদ।

চৎখ্রবনি পন্থৌ মহাক্কি নুংঙাইনা
লোইরদুনা মপৃংফানা তাইবং শিন্থা
অতোপ্পা মপোক লাংথনমদা ওন্থা।

কুইদবা পুন্সিনি মীওইবা এখোইসে
চৎখিনি লৈহৌবোই কনাস্থ তাইবংদা
লোইরগা মতমদো তাইবং অবোইব।

তাক্লখিনি অচুম্বা লম্বী নিংথিনা
মপু মহাক্কী থৌজাম্মা মতমদুদা
লোইরকপদা কায়দনা এখোইগী ওথৌ।

চৎকনি 'খোইস্থ মতমদুদা পন্দনা
শেৎন-খাইনদুনা ইমা-ইচা ওম্নমক
হুন্দোক্লমদুনা মরুপ-মপাং পুম্নমক।

লাইরিক ফংফম।

ও, কে ষ্টোর
নাথ এণ্ড কোং
ষ্টুডেণ্টস ষ্টোর
বুক লেণ্ড

ইম্ফাল।

অমসুং

শ্রীগুণমনি সিংহগী দুকান
খোৱাই বাজার।

অতুগা

"থাখলগা লৈকোল" ছৈরেং অমসুং "জাৎ ওনবা" নোভেল লাইরিকশিনি অসিসু মথকী ষ্টোরশিং ১সুং দুকানসিদগী অদুম ফংবিগনি।

নপম— চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফাল।